# তেংবাংবিরকপা

১। সনাবাম মমাংওম্বা, শিংজমৈ — লুপা ৫

২। সনাশম গম্ভীরশিং, মোংশাংগৈ — লুপা ১০

৩। শাপম বীরছিং, শিংজমৈ — লুপা ১৫

৪। লোইতোংবম বোকুল, কাকৈথেল — লুপা ১৬০

# ৱাহৌ

মীতৈ হায়রিবা অসি মচিনৱৈদগী চাওখৎলকপা ঈরূপ অমনি হায়বা তারবদি চাওখৎলম্বগী খুদম উৎপা তায়। হৌজিক ওয়রিবা তাইবংপানবগী মচাওখৎ অসিদি ঙরাংতগীনি। হৌখিবা চহি চাম্ম-রোমগী মন্নুংদগী অঙকপা ফংনা খংচাও চাওখৎলকপনি। হৌজিক্কিসি উরগা ঐখোয়না ঈশাবু ঈশানা খাজদবদি লালি। ঈরূপ অদুবু চাওখৎলম্মী হায়নরকপদা "সন্ধোংলোন" (খগোল-বিজ্ঞান; Astronomy) য়াওদ্রবদি মপুং ফানা চাওখৎপা কৌবা য়াদে। জ্যোতিষ হায়বসিদি বেদগী মশানি। বেদ হায়রিবদু মীতৈগীদি কংলৈরোন কৌই। বেদগা কংলৈরোনগা ৱাবোল অনিসিগী অর্থ মান্নদ্রবসু মথৌ মানৈ। তেংবানবসি উমঝিন্দ্না পুমথং খংদনা লৈরম্বদগী. কাংথোরকতুনা খঙকইবসিবু কাংলৈরোন কৌই। কাংলৈরোন্দগী কংলৈরোন তারকই। কংলৈরোনদা সনামহী নোংখো· কোয়বগী ৱা য়াওরি। সনামহীদি নুমিৎনি। নুমিৎনা নুংশাগা লোয়ননা চৎথিদুনা তেংবানবা শিনথুংববু সনামহী নোংখোং কোয়বা হায়না ৱারীনবনি। নুংশানা সন্দোকপদা; অপকডা (celestial body) কয়াগা মরী লৈনরিবা অদুবু শন্ধোং লোন কৌই। অদুনা শন্ধোং-লোন হায়বসি কংলৈরোনগী মশানি। মাগী কাংলোন অমা তোপ্পা থম্বতনি।

অদুদৈগী ঈপা ঈপুশিং অদুনা সন্ধোংলোন পুথোক্লবগী নুংশাবু কুপ্না য়েংঘি। নোংমগী নুংশা য়েংনবা থোনবা পুং অদুবু—

নোংমাইপুং = নোংমৈপুং (Dial-mound or sundial-mound) কৌহ্নবা লাইফম ওয়না থনম্মী। অদুবু ঙসিদি লীখুন মাংঘিগ-দোরে। ঈপা ঈপুগী লেক্ফূবু পাম্মুজহ্নবা, পাংদ্রবা শিল্লৈরোম্বা য়াম্না খিজিনজহ্নবা লৈবাক্কি ইবুঙো ইবেম্মশিংগী খুৎশা থম্বালদা হাপচরি। পোৎশক্না সনা ওয়রম্মবদি, অমোৎপা মকমদা তারম্মবস্সু মথুনগৎপিয়্যু মাসিনি—মীতৈ মরূপকি রিচার্চ ব্রার্ক্তি।

ইম্ফাল — টিঃ বোকুল

তাং ১।৪।৬৪ ইং — কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই

---

হুং

## অপোকপবু পুনেমজে।

হুমিংথানোংমাইনিংথৌলৈবাকয়ুমসাশগোলঈরাইথাং

মাপলমকপু পুনেম্মা শক্লোংলোন ইজগে। ময়ুম কেগে মোইরাংগী খুমুজাম্বা সঙ্গ্লোং হাংবনা য়াক্কী মুকচৈদা তোংবিসমো। মুম্মু হৌনশা কাওজন নায়ববু অহন ইবুংঙো নাওরিয়াগী থৌজান মৈনা ঙালহনবিও। অহন থৌজান মৈরানা লম্বী ফংগে তানজরি।

---

# চৈরাওবা

থৌরায় পানবশিংগী চিঙ্গাক—মহৈ মরোং পিবা, চহি কৌবা লাইগী মপুম্নফাবা শকফমদা, ঈরাৎ-থৌ কৎপবু চৈরাওবা কৌই। মাতুবু করিগী চৈরাওবা কৌই হায়নি। ঈরাং থৌ অসি মীতৈগী য়ুম্নুম খূদিংদা তঙায়ফদবা ওয়না চৎনৈ। মরম অতুনা, লৈবাক নিংথৌ পানবগী হৌনবী, অনৌবা চহি অতুগী পুগংদোরিবা চৈথাবনা, চৈদা শরিক থাংতুনা লৈরক কোনশাং-শিংনা অনৌবা চহিগী চৈগারগনি হায়না লাওই। চৈ পায়তুনা লাওই, অমদি চৈদ-থাডিবা শরিক অতুমক্রম্ব লাওবগী থবক অতু থংনৈ। চৈ পায়তুনা লাওরগা, ঈরাৎ-থৌ অসি তৌই হায়তুনা মডোম্দা হনজিন্দুনা চৈরাওবা কৌনখি।

চাতুনা হিডিবা, থৌরায়পানবশিংগী জিঙ্গাক পিরিবা মতমগী মপুঙফাবা মশকপু মীতৈনা চহি কৌই। চা=চাননবা, হি=মায় (হিংননবা পাঙ্গল) চ+হি-চহিনি। চহি কৌবা মতম অতুগী মনুংদা চিঙ্গাক পুম্নমক শুনা ফঙি হায়তুনা, চিঙ্গাকনা হঙ্গিন্দুনা মমিং চহি কৌবনি। য়ারোল অতুনা, পোৎশক নত্রগা থবক অতুগী অরেপ্পা মশক্কি হায়না থংনগনি হায়বা য়ায়েনগী পথাপ লৈরিবনি। অচা-পোৎকী মশক ওয়বা চহি কৌবা মতমবু মীতৈনা অপোকপা লাইনি হায়না নিংনৈ। মরম অতুনা অপোকপা

লাইবু কুমজ ঈরাং হরাও থোইনা কংচবনি। মরম অসিদগীনি—"হরাওবনা চৈরাওরে" হায়বা মীতৈগী পাওরৌ অমা চংনরিবসি। হরাওদনদি, হরাওই হায়বা হৌনিদে। মীতৈগী চৈরাওবা হায়বা ঈরাং-থৌ অসি ওন্থোক্লা পুক্লিং শেংনা, অমাং অশোায় নংদনা কংখ্রবা অমনি। ঈনাক-কৈরাক খুনবদগী হৌবত্নুনা, লাঈর-চত্তং কাওবা, মুমিং অসিদা হরাও ঈথোই চপ মান্নুনা কামিন্নরিবনি।

মতমদা পোকপনি; মতমদা হিন্ডিবনি; মতমদা শিগনি। মতমনা চাওখৎহল্লি; মতমনা ময়েং তাহল্লি। মতমনা থৌরায় পি; মতমনা চিঞ্জাক পি। মতমনা তোজমন মহৈ পি; লংজমন ভেকচাক পি। মফমগী লোমভমসু মতমগী মবুক মমুংনি; লমদম মফম ময়ায়দা মতম ঈচেল চেল্লিয়ে। ময়োনসু, কুয়োমসু মতল্লি। লৈরিবা পূন্নমক মা=মহাক্লা; তম=তম্মী হায়ত্নুনা মা+তম=মতম কৌই। মতমগী অরেংবা, লেংদবা মশক অনিনি।

অরেংবা মতমগী খ্বাইদগী পিকপা মতমবু মিকুপ কৌই। সাহেবকি সেকেণ্ড ২১ না ময়াংগী বিপল ১নি। সেকেণ্ড ২৪ না পল ১নি। কুপথ্রবা সেকেণ্ড মক্তদগীসু মিকুপনা, কুপতক্ তৌরি-বনি। মিকুপ ৪না মিহুন ১। মিহুন ৪ না নিংস ১। নিংস ৩৬০ না পুং ১। পুং ৭১/২ না য়ুথক ১। য়ুথক ৮ না মুমিং ১নি। মুমিং অমদদি মতমগী মপুং কাব শকখম অমা উৎলে। মাহুবু, লাই খাঁবা হায়না শিংথারে—"গুসি লাইরেল লোংজ" হায়রিবা লাই অহুমি। মপুগী মতিকী মুলায় মরুনা, শোংহুনা মংহুনা লৈরবা

তাইবং উমং অসিবু ডাগছল্লি হায়তুনা, ঙসি লাইরেল নোংজাবু "উমং লাই" হায়না খংনরে।

সুমিৎ ১৫ নি অমনা নিম্মাং; ১৫ নি অমনা নিন্দুংনি। নিম্মাং, নিন্দুং ২না থা ১। থা ২ না থারুক ১। থারুক ৩ না য়ারোন ১। কুপ্বী, কালেন য়ারোন ২ না চহি ১নি। মাসি সুমিৎ ৩০ নিনা থা শাব, থা ১২ গী, থাদা লাক্তুনা শাব সুমিৎ ৩০+১২—৩৬০ নি অসিবু উমং-লাই ৩৬০ কৌরে। অরেংবা মতমনা কান্দুনা চৎলিবা অসিদি মফমনা লৈবগী চৎপনি। মফম অহু-মকস্মু উমং-লাই অমনি। মফমগা থানা উমং-লাই ৩৬১ শুরে। মাসিবুনি মীতৈনা উমং-লাই ৩৬১ হায়নরিবহু। অবেংবা মতমদি সুমিৎনা পোকপনি। সুমিৎনা লমথাবুংদগী মালেম কোইকরগা হান্নগী মফম চপ চানা য়োবদা সুমিৎ ৩৬৫¼ চভি। অতুনা, সুমিৎ ৫ নি য়াৎলিবসি মেনখৎতনদি চহি মপুম কাদে। চহি মপুম ফাদনা, থাগী চহিদা শাক্তুনা পারবদি কুম কায়রকই।

কুম কায়রবদি থাচৎ থামিং থোন্দুনা পানবা য়ারোইদবনিনা কুম কায়দনবা, সুমিৎ ৫ নি হাপতুনা মেনখৎপবু—কুমগী লাকয়েন পাথংবা মেন তোংবা কৌই। মাহু, তাং ৩১।১০।৬৩ ইংদা ফোংথিবা "মেন তোংবা" কৌবা লাইরেকতা উবিগনি। সুমিৎ ৫ নি মেনখৎলিবা অসিনস্মু চহি মপুম ফাত্রি। কুম পাবা য়াঘি-রোই। নোংমগী ¼ অমা চহি খুদিংদা য়াৎলবদি মরিশুবা চহিদা নোংমা য়াৎলগনি। খোংচৎ অসিদা চহি ১২০ দা থা অমা; ২৪০ দা থা ২ কায়রকতুনা কুম পাব য়ায়রবোই। অতুনা, কুম কায়দনবা

ফাড়ুনা থম্ববু "চুক" কৌই। চুকতগী ময়াহৈ য়াংধোরকতুনা 'চক' তারকই। মাড়ুদি—হয়িচক, হায়াচক, খুমুংচক, লাংবচক মরি অসিনি।

থায়না মচিনথৈদা কুম পাবসি থা ১২ গী অয়োইবা লমদাগী; চয়োল ৭ কি অয়োয়বা থাংজদগী হৌনরম্মী। কুম পাব হৌববু থায়নদগী "শয়োয়-থাংব" হায়না চৎনরকই। কুম পাববু শয়োয় থাংবা কৌরিবা করিগীনো? হায়নি। কুম পাব হায়বসি, মতম পাবনি। নোংমা কৌব মতমবু উমং-লাই ওয়না মশক পান্দুনা চহি অমগী উমং-লাই ৩৬০ শুরে। নোংমা কৌবা মতমবু শারিবা পূং ৬০ বু শয়োয় ৬০ হায়না মশক পাল্লে। উমং লাই অমসু শয়োয়বু, লম-লাই কৌবে। লম লাইগী মমুংদা লাই হায়ব'মা; লাইমাং হায়ব'মা অনিথোক্না থায়দোক্কুনা, শয়োয়বু লাইমাং হায়না খংনৈ। পুং কৌব মতমনা কান্দুনা চৎলিবসু মফমদনি। অড়ুনা, মফমগা থানা শয়োয়সু ৬১ নি। মতমনা মফমদা কান্দুনা চৎলি হায়ড়ুনা, মতম অমসু মফমবু মতম কাল্লে (Time and space) কৌই। লমদাগী 'অহানবা থাংজদগী হৌড়ুনা, থাংজ খুদিংদা শিংথেক শিংথাড়ুনা, নোংমগী : চাহিদা ময়াৎকদব' পুংবু শাগৎলি। পুংবু শয়োয় ওয়না মশক পান্দুনা, মতম কৌবা লাইবু কিনা-লুনা খুরুমড়ুনা পায়। মাড়ুব, শয়োয় থাংবা অমসু শিংথেক শিংথাবা কৌই। চহিগী অয়োয়বা নোংয়াইদা শয়োয় থাংড়ুনা শিং-শংলি হায়বদি কুমশিগী পাব লোয়রে হায়বনি।

লেংদনা ফাহুনা থম্ববু চুক কৌই হায়হুনা মথক্তা হায়ঘরে চহি অমদা নোংমগী ½ অমমম চংখিবা অহুনো, চহি ৪ দা নোংমা ফাহুনা মরিশুবা চহিদি মুমিৎ ৩৬৬ না চহি শায়। মতৌ অম্মুম্না ৪ | ৪ শুবা চহিনা চুক ওয়হুনা, কুমগী থাচৎ থামিং লেংদনা ফাহুনা থম্মি। ৪ | ৪ শুবা চহিহু পাবদা শোয়দনবা হায়হুনা চহি ৪ মক অহুগী মমিং অমমম থোন্দুনা থম্মী। অহানবা চহিবু হয়িচক, অনিশুববু হায়াচক, অহুম-শুববু খুম্মুংচক, মরিশুববু লাংবচক কৌই। করিগী চহিবু হয়ি, হায়া, খুম্মুং অমসুং লাংব কৌবগে হায়বা ব্রাফম অমসু লাকই। নোংঙান্দুনা ম্রাহৌরকপা হায়বসি পুন্সিগী লাল থেংনবা থোরকইবনি। মরম অহুননি—নোংঙানবগী কাক থোংববু, কাক্কী লালখাও চেনবা হায়ন-রিবসি। লাল থেংনবা তারবদি, থৌনা, পাঙ্গল ফুদোকপা তায়। থৌনা পাঙ্গল ফুদোকপা মতমদা “হৈয়” হায়না ফুদোকই। “হো হায়ো হৈয়” হায়নরিবা অহুনি। কুমশি নোংঙানবদা শরোয় খাংবা তারে। অহু ওয়রবদি পাঙ্গল, থৌনা ফুদোকপা মতমদা শরোয় থাঙি হায়হুনা চহি অহুবু হয়িচক কৌগনি। কুমশি নোংঙানবদা শরোয় থাঙবদি নোংমৈ মুমিৎ য়ুংবদা থাঙ্গনি। মুমিৎ য়ুংবদি পোথাবা মতম্নি। পোৎথাববু নিংস হন্দোকপা হায়নৈ। নিংস হন্দোকপদা “হা” হায়না হন্দোকই। অহুনা মুমিৎ য়ুংবদা থাংববু “হায়াচক” কৌই। মথংনা মুমিৎ তাবদা থাঙ্গনি। থোকপা, তাবা নায়দবা মুমিৎপু চ·নবিদা মুমিৎ থোকপা, মুমিৎ তাবা হায়নৈ। মুমিৎ তাঘিববু অথুবা লোক্লুংদা তাঘিবা ওয়না উই। অহুনা, মুমিৎ তাবদা শরোয় থাংবা চহিবু “খুম্মুংচক” কৌই। মথংনা লোংয়াইদা থাঙ্গনি। অহিং হায়বা অসিদি

অপাম-মুংশিগী ইথক হোৎনা পুক্লিং লাংবা মতম্নি। পুক্লিং লাংবা মতমদা শরোয় খাংবা চহিবু' লাংবচক কৌই।

লমদাদা শরোয় খাংবগী মতম লেপথিবা অতুগী মতুং ইন্না শজিবু চৈরাওবস্তু নোংঙানবদ, ত্নমিৎ য়ুংবদা, মুমিৎ তাবদা, নোংয়াই-দা চৈরাওত্নুনা কুমগী থাচং থারোং কায়দনবা শেম্মী। লমদা শরোয় খাংবদা; শরোয়দা চেং-এনশাং থান্দোকই। লম অতুবু কোনবা লাইনি হায়না অহল লমন্না হায়নরকপা লাই অতুবু নিংঝংই। থাং পায়, লৈয়ি ৭ চিংডি, জগোই শায়। মফি হাইদোকতুনা জগোই শাবগী পাথাপস্তু লৈ। মাতু মমিংতা ওয়ন তৌবনি; মফিমক হাই-দোকতুনা জগোই ওরনা শারুবদি নত্তে।

শরোয় খাংবগী থবক অসি মুপীনা তৌই। ঈমা ঈবেনশিং অতুগী মরোশিংনদি থংদে; ঈপা ঈপুশিং অত্নুনা তাকপদগীনি থংদে; মতম অতুগী ঈমা ঈবেনশিং অহুনা হোদোকঅম্বদগী হৌজিক ফাওবদি চৎনরি। হৌজিক্তা ঐখোয়গী চৎনবী ওয়রবনিনা অফ ফত্ত থলবগী মথৌ তায়। ঈমা ঈবেনশিং অহুনা হোদোকঅম্বীবা অসিনা ফজ-রম্মবদি হৌজিক্তা ঐখোয়গী য়ান্না লেমজভমনি। অতুনা ঐখোয় হৌজিক নৈনসি—শরোয় খাংবদা মফি হাইদোকতুনা জগোই শাবগী পথাপ অসিদি—মতম মশক ওয়না লৈরিবী ঈমা লৈমরেন শিদবীবু নিংঝংবনি। ঈমা লৈমরেন শিদবীদি, মহাক্না শেংপা থুংবা ফি লৈতে, মায়গৈনা ফিজেংনবীনি (মূলপ্রকৃতি, Nature, Superconcious) নি। মতিকস্তু ময়ায়স্তু ওইবীনি। মতমনা পোকপা থৌরাম পান-পানবশিংনা, ঈমা কৌবনিনা মহাক মতমগী মশক্লি। মতমগী মমুংদা

ফত্তবা চণ্ডকই। অতুনা, অফবসু মতমনি ; ফত্তবসু মতমনি। ফত্তবা পুবা মতম্সু শারমচৎকা লোয়নৈ হায়তুনা শরোয় কৌই। অতুনা, শরোয়দি লাইমাংনি।

লাইমাং ওয়রিবা শরোয়বু মচিঞ্জাক খাংদোকতুনা তেহনবনি। শারমচৎনা তেগদবদি শাজেন পুজেন তৌতুনা লৌশিং তারবতদা তে-গদবনি। ঈমা ঈবেনশিংনা জগোই শারিবত্তু শাজেন-পুজেন (ইন্দ্রিয় অমসু মন সংযম) গী মশক উৎপনি। থাং পায়রিবা অতুনা লৌশিংগী মশক্তি। শাজেন পুজেন তৌতুনা তারকপা লৌশিং অতুনা থাংগী মশক ওয়রতুনা, শারমচৎ হাৎকনি হায়বা উৎপনি। মতম পাবগীদমক খাংবা শরোয়নি, মপুংদি মতম পাবনি। ঈমা ঈবেনশিংনা শরোয় খাংবদা লৈয়ি ৭ চিঙি। মাতু, চহি অমগী নুমিৎ ৩৬৫ দা ৭ না য়েনবনি। ৫২ থুংঙগা ১ লেম্মী। ৫২ না চয়োলনি, ১ লেম্মীবা অতুনা নোংমনি। অতুনা হাকুম নোংমাইজিংদা চৈরাওব্রবদি, অমা লেম্মীবত্তু নিংথৌকাবা ওয়বা তারে। অতুনা, কুমশিদি নিংথৌকাবদা চৈরাওগনি হায়বত্তু পুথোকই। কুম অতুনা নোংয়াইদা শরোয় খাংতুনা লাংবচক ওয়রবদি মরিশুবা চহিনি হায়বা থংনগনি। মরিশুবা চহিদি নুমিৎ ৩৬৬ ওয়রতুনা ৭ না য়েনবদা ২ লেম্মী। হাকুম নোংমাইজিংদা চৈরাওব্রবদি, নুমিৎ নিনি হাপচিন্দুনা কুমশিদি লৈপাকপোকপদা চৈরাওগনি হায়বত্তু পুথোকই। চহি অমগী নুমিৎ মশিংবু শুনা চিংঙগা ৭ | ৭ শুবদা থেকঅগা (ককঅগা) মশিং থাববু শিংথেক-শিংথাবা (Mensuration) কৌই। অতুনদি মীতৈসি "শিংবারোল" (The Sience of Mathematics) হৈরকই হায়বা উৎলে।

হৌজিক্কী বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা পুথোকপা ঘড়ীগুম্বা, পাঞ্জিকাগুম্বা পোৎ-তি অত্থৈদদি লৈত্রিবনিনা, নুমিৎ-থাগী খোংচৎ পুথোকপবু কায়দনবা হায়ত্নুনা নুমিৎ, থাদা কুপ্পা য়েংত্নুনা শিজিন্নরম্মী। মাত্থদি - চহি অমা পুরিবা নুমিৎ মশিংবু ১২ থোক্লা য়েন্থোকঅগা, কোলূপ অমমম্বু লোয়শং (রাশি) কৌশি। নুমিৎনা লোয়শং অমদা থা অমম্ম চায়। নুমিৎনা লোয়শং অত্থুদা চাবা লোয়বগী শুবা নুমিৎপু, থাম্মু কৌই। থানা নোংমা নোংমগী চাওথৎলকত্নুনা থাবুং ফারম্মগা ; নোংমা নোংমগী পিকথরকত্নুনা ঊথিদববু থাশি কৌই। থানা থাবুংদা নত্রগা থাশিদা শাত্নুনা পারিবা নুমিৎতি ৩০নিদনি। নুমিৎনা লোয়শং অমা ওইনা লৈরম্মীবা থাদি নুমিৎ ৩০নিদা অকরুদে-করিগুম্বা লোয়শংদা ৩০নি, করিগুম্বা লোয়শংদা ৩১ নি চত্তি। অত্থুনা থাগা নুমিৎকা খোংচৎ মান্নদে। চহিদা নুমিৎ ৫নি, ৪। ৪শুবা চহিদা নুমিৎ ৬নি থেম্নে।

অম্মুম তৌনা নুমিৎ, থাগী থেন্নরিবা খোংচৎ অসি করম তৌনা পুথোকখিবগে হায়ববু- তম্পাক অসিগী করিগুম্বা মফমদা, নোং হেক ডাল্লকপগী মুংশা মাইয়োক্লগদবা মফমদা পুং অমা য়াংনা থোল্লগা পুংথক অত্থদা করিগুম্বা অমা য়ুংত্নুনা মমি তাহল্লবদি—মমি অত্থ নুমিৎ খূদিংগী মফম থর থর লেংগনি। লেংবগী চৎপা অত্থুনা অত্থুম হল্লক-ত্নুনা, অহানবগী মফম অত্থু চপ চানা তারগনি। মাত্থু ফাওবদা নুমিৎনা ৩৬৫ রক থোকলে। মাত্থু খংননবগীদমক থোল্লিবা পুং অত্থুবু নোঙাল্লকপগা মাইয়োক্লবা পুংনি হায়ত্নুনা—'নোং+মাই+পুং= নোংমাইপুং=নোংমৈপুং=নোংমৈবুং" ওয়খি। মফম অসিদগী হৌ-রসি হায়ত্নুনা লেপ্পথিবা অহানবা মফম অত্থুবু "লমথাবুং" কৌনঘি।

মমৈদা শমজিন্নকতুনা "লমদাবুং" হায়নখি। থবক অতুগী মতুং ইন্না মফম অহুব, চহি কৌবা মতমগী থুঙাভম্নি হায়না থংনরে। মতম্থু লাই ওয়না মশক পাল্লবনিনা লাইগা লোয়নবা শরোয়ম্থু তিল্লরে। শরোয়শিংগী মচিঙাক পিতুনা থাংদোকপা মফম্থু লা-থাভমনি হায়তুনা "থাঙলাবুং থোল্লে।

মরোং অমুম্না মুমিৎকী থোংচৎ পুথোক্লবদা, চহি অমদা থানা, মুমিৎকি থোংচৎ য়োগদবা মুমিৎ ৫ $\frac{1}{2}$ ব্রাংলি; অতু শাগৎতুনা, ৪ | ৪ শুবা চহিদা মুমিৎ ৬ নি ব্রাংলি হায়বতু পুথোকলে। ব্রাংলিবা মুমিৎ মশিং অসি থাদগী লৌতুনা মেনশিন্নে। থাগীদি মুমিৎ ৩০নি অকক্লবনিনা, থা থুদিংমক্তগী মথং মথং মেনশিন্নে। থাবু মীওয়বনা থাচৎ অনি থোক্লা পায়—(ক) থাবুং থাবুংদা থা শাতুনা পাবা (খ) থাশি থাশিদা থা শাতুনা পাবা। ঙসি চহি মপুম ফারতুনা, অনৌবা চহি হোরে; থাম্থু থাবুং মপুং ফারতুনা, মথংগী থা হোরে। থাবুংদা শাঘিবা থানিনা, নিম্দুং নোংমা কোনবদগী (কৃষ্ণা প্রতিপদ) থিবা হৌবা তারে। অতুনা থাশিদা পাবা থাচৎকিদি, অহানবা অহৌবা থা অসিদি মুমিৎ ১৫ নিদা ডায়রে। থাশিং থাগে হায়রবদি থাথায় অমা মাংলে। থাশি ১২রক্তা—১২ × ৩০ = ৩৬০ ওয়গদবা থাগী মুমিৎ মশিংদু, অহানবা থাশিদা মুমিৎ ১৫ নি মাংম্রবনিনা ৩৬০—১৫ = ৩৪৫ নি অসিদা ডায়হৌরে। অতুনা চহি অমগী মুমিৎ ৩৬৫ নি অসি য়োগদবা ৩৬৫—৩৪৫ = ২০ নি ব্রাংলে। অমুম্না পাথরকপদা মথংগী চহিদা মুমিৎ ২৫ নি, মাতুগী মথংগী অহুমশুবা চহিদা মুমিৎ ৩০ নি ব্রাংতুনা থা ১ মাঙে। মাংম্রিবা থা অতু অমুক হাপতুনা পাত্রবদি, থা ১১ দা

ডায়রে। চহি ১ দদি থা ১২ লৈবন্নিনা, থা ১২ শুননবা মাংখ্রিবা থা অহু অমুক হাপতুনা পাবা তায়। মাহুবু থা নন্নবা (থা-অনি পানবা মলমাস) কৌই। থা-নন্নবগী অহানবা থাবু, কুম য়োদনা মাংখ্রবা থানি হায়ত্নুনা থামাং কৌই। কুম য়োদ্রিবনিনা কুমগী ঈরাৎ-থৌ অমাংবা থাদা তৌবা য়াদে ; অকোনবগীদা তৌগনি।

অহুমশুবা চহিদা থা অমা মাংবা অসিগী থোংচৎতা, অহানবগী অহুমশুবা চহি অহুনা, অকোনবগী অহৌবা চহি ওয়হুনা থিবদা, চহি অহুমশুবদা, চহি ৫ নি। লৈয়্নি মঙা চিঙো, মঙাগী ময়াই থংবহু অহুমশুবনি। অহুমশুবা অহুনা অহৌবা ওয়হুনা, অমুক অহুমশুনবা থিবদা, মঙাশুবা লৈয়িদা অহুম শুগনি। অহুনা চহি ৩ | ৩ দা থা ১ | ১ মাংবসি, চহি মঙাদা অনিরক থোকই (পঞ্চমে পঞ্চমে বর্ষে দ্বৌমাসাবুপজায়তঃ)। থাগী চহিদগী নুমিৎকী চহিনা নুমিৎ ৫ নি হেল্লিবহু, থা ১২ দা চাইশিন্দুনা মাংখ্রে হায়বসু য়ায়। করিনা— শজিবুনা হৌবা, লমদানা লোয়বা থা ১২ অসি নত্তবা অতোপ্পা থামিং অমা লৈত্তে। অহুনদি থা ১২ অসিগী মমুংদা চংশিন্দূনা মাংখ্রে। নত্রগা থাগী চহিনা, নুমিৎকী চহি য়োননব', থা খুদিংমক্তগী নুমিৎ ৫ | ৫নি খায়জন্দুনা মেনখৎখি হায়বসু য়ায়। করিনা—চহি খুদিংগী নুমিৎ ৫ | ৫নি থাদগী লৌহুনা মেনখৎখিবা মশিংনা থা ফারবদা, থা ১ মাং-ঘিহুনা, থা ১ হাপতুনা মেনখৎনৈ। মেনখৎনরিবা থা অহুগী অতোপ্পা মমিং অমা লৈতবনিনা, হান্নগী মমিং অদুনা অনিরক হঞ্জিল্লি। মাহুবু থা অনি পানবা কৌই। মাসি, নুমিৎ, থা অনিমক শিজিন্নবদগী থোরকপনি।

হুমিৎ, থাগী চংথোক চংশিন তৌরিবা অসিবু পাননবা শিংবা-রোন (গণিত বিত্যা) অদুবু মীতৈনা শানবা ওয়না পুথোকই। মাদু, মরুম কোনবী শানবা হায়রিবা অদুনি। মরুম কোনবী শানবগী লায়ুমদি—কা ৬ | ৬ না কাগুপ মায়য়োক্লনা, কা ১২ য়েকনি। নাক-পাক অনিমক্কী মপী অমমম নায়গনি। মপী নত্তনা কা খুদিংমক্তা মরু ৫ | ৫ হাপ্লগা, মপী মপীদা ৬ | ৬ হাপকনি। অদুগা মরুশিং অদুনা কা খুদিংদা ১ | ১ য়েঙ্কোকতুনা শাগ্নে। মরু অদু অমমম য়েল্লকপদা লোয়বা মফমগী হেক থংনবা কা অত্তুনা কাংলবদি (হাংলবদি), অকাং-বগী মথংগী কাগী মরু অদু লৌথোকই। মাদুবু "শি-কাং-শি" কৌই। অমুক কাংনবদা (round) পাঙল কাবা ঙম্মদে। কয়ারক হন্না মরু থাদুনা কানগনি। শানবগী পথাপ মতুং ইন্না মরু লোকশিন্নবদা, অকোনবগী অমা লেঙ্খোবদু, মুংকাং য়েনরগা অঙম্বনা লৌই। অমনা মরু হেন্না লোকথিত্তনা, অমুক মরু থানরকপদা, মরু ম্রাংলবদি মরু ম্রাংপা কাদু হাংহনগনি। অহাংবা কাবু "লুম" কৌই। য়াক্কীরোমদা হাঙাবদি, অহাংবা কাদু মীগী লুমনি। লুম অদুম ফাওবা কোনবা য়ায়, মরিশুবা য়াদে। নাকপাক অমগী কা অনিতগী মরুতা ঙাম্র-রবদি লুম লৈবরোয়। নাকপাক অনিমক কা ২ | ২ তা মরু হাপতুনা শানগনি। মাদুবুনা "পী পা" শানবা কৌই। মরুম কোনবী শানবগী লায়ুম, মরুমশিং, মরু মহাপ. য়েল্লিবা ময়েন, লৌবগী মরো ; লোল্লি-বা মরোল, থোল্লিবা মমিং পুন্নমক অসিনা মরম ওয়দুনা হুমিৎ-থাগী চংথোক-চংঝিন পাবনি হায়বদু তশেংনা তাকই।

য়েক্লিবা লায়ুম অতু, চহিগী মশা থা ১২ গী মশক্তি। ৬ অমনা কালেন, ৬ অমনা কুম্বীনি। অমনা শজিবুনা মপীনি ; অমনা মেরানা মপীনি। কা খুদিংদা মরু ৫ | ৫ হাপ্পীবতু—থাগী চহিনা নুমিৎকী চহি য়োননবা নুমিৎ ৫ নি হাপথিবদুনা, থা খুদিংদা নুমিৎ ৫ | ৫ নি চংনৈ হায়বা তাকপনি। মপী মপীদা ৬ | ৬ হাপ্পা মরম্মা নাকপাক অমদা মরু ৩১ শুই। মাতুনা তাক্লিবদি—নুমিৎকী থাজৎতি ৩১ নিনা থা শাবা য়াওরি হায়বনি। মরু অতুদি নুমিৎ অমগী (নোংমগী) মশক্তি। অমমম ওয়না য়েল্লিবা অদুনা, থা ১২ দা নুমিৎ ৫ নিনা নোংম নোংমা ওয়না চায়শিনখিবতু তাকপনি য়েল্লকপা লোয়বগী মথংগী কা কাংতুনা, "শি-কাং-শি" হায়না মরু লৌশিল্লিবা অতুদি—নুমিৎ ৩৬৫ নিনা থা ১২ শাব থাগা ; নুমিৎ ৩৬০ না থা ১২ শাব থাগা তংনবা নুমিৎতগী মথংগী থা লৌশিন্দুনা থা ২ পানহনববু তাকপনি। থাগী মশক ওয়রম্মীবা কা অতু; চহিগী মশক ওয়বদা "লুম" কৌই। চহিগী মশক ওয়রবদি লুম অতু শোকঅরোয়। লুম অহুম ফাওবা কোনবা য়ায় হায়তুনা, লুম অহুম হায়বা মশক অমা নায়রিবা অতুদি —চহি অহুমদা থানন্নবা অমা থোকই হায়বা তাকপনি। মাতু মথক্তা থরা শুগায়না নৈনঘরে।

অতুনদি মীতৈনা, শি থেকপা (গণিত) হৈরকপা কন্না কুইরবগে হায়বতু, লাকশিনবা নুঙায়রে। ঈমা ঈবেনশিংনা শরোয় থাংবদা, লৈয়ি চিংতুনা শিংথেকই ( রেখা গণিত )। মরুনা শিংথাববু (বীজ গণিত) মরুম কোনবী শানবা ওয়না পুথোকই। লৈয়ি চিংতুনা পাব, মরু থাতুনা পাব ( রেখা গণিত, বীজ গণিত ) হৈরবদবু ময়েক

মশিংনা হোৎতুনা পাব পাটিগণিততি করিগী হৈরোয়দগে ? গরিব-নেৱাজগা, শাস্ত্রদাসগনা মৈ থাদোকখিত্নুনা হৌজিক্তা ঐখোয়না চংঘোন্না ফংদবতনি। হৌজিক্তা, অঙ্কদা, মীতৈগী কোকপু পাংদব-রাও ? হৌজিক লৈরিবা ঐখোয়সে, অদুৈংগী মরুনে। হৌজিক্তা ফরবদি, অদুৈংস্থু ফরমগনি। মতমগী য়ারোন্দা ফুরা দলাল কয়া লৈরোল চনম্রে। চাওখৎলম্বা কয়া হন্ধঘরে। লাইনিং লিচৎ থঙম-দবা কাংবুনা, য়ুমথোং খুদিং চংতুনা লাইনিং লিচৎ য়েল্লে। মচিন-ঙৈদা চাওখৎলম্মী, চাওখৎলমদে হায়বদুদি মচিনঙৈগী পোৎশক, মরোং মতৌশিং অদু খোমজিল্লগা ইলায় লায়না থংবা ঙমগনি। কনানস্থু নমজা হাঞ্জা নমদুনা থম্বা ঙম্মোয়।

মরুম-কোনবীগী মরমদা নৈনরকইবা অসিদগী, তশেংনা থংবা ঙম্মী। মরুম-কোনবী শানবগী লায়ুম অসি জ্যোতিষ শাস্ত্রগী "রাশি চক্র" হায়বদুগা মরোং অমতনি। জ্যোতিষ শাস্ত্রনা—"মুমিৎনা থা অমমমদা, রাশি অমমমদা লৈদনা, থা ১২ দা রাশি ১২ বু ভোগ তৌই। মুমিৎনা, থোকপা রাশিদগী ৭শুবা রাশিদা তায়—শজিবুদা মুমিৎনা মেষ রাশিদা থোকও অদুদি তুলা রাশিদা তায়। অতুম্না কালেন্দা বৃষ রাশিদা থোকঅগা বৃশ্চিক রাশিদা তায়। মুমিৎনা লোয়শং (রাশি) অমদা থা অমমম লৈ হায়রে"। অতুনদি লোয়শং অমগা থা অমগা মানরে। লোয়শং অমবু কা অমা ওয়না য়েকতুনা মরুম-কোনবীগী কা ১২ না, থা ১২ পুথোকই। রাশি চক্রগী "চক্র" হায়বসি কোয়না চৎপা হায়বনি। মরুম-কোনবীস্থু কোয়না চৎলি। অতুনদি মরুম-কোনবীবু রাশি চক্রনি হায়বদা

করিস্সু চিংননিঙায় লৈত্রে। তৌবা মরোংদদি—ফলিত জ্যোতিষনা পুখোকইবা—মেষতগী হৌবা মীনদা লোয়বা চক্রনা ফলিত জ্যোতিষকি মরোংনি। মীতৈগী মরুম কোনবীনা গণিত জ্যোতিষকি মরোংনি। মরুম কোনবীদি মশিংদা থিত্নুনা, মশিং পুখোকপনি। গণিত জ্যোতিষনি। গণিতপু লৈরবদি. ফলিততি অত্নুম খোকচরকপনি।

মীতৈনা, কুম মতম পাবসি মরোং-মতৌ য়াম্না খাম্বরি। "কোংবা-লৈথোং ফাংপা, শজিবু লৈখুল-ফুনবা" হায়ত্নুনা লাইরা ওয়না শিজিন্নবা মরোলস্সু লৈরি। মাসিস্সু ওস্থোক্লা কুপখ্রবা মতম কাংলৈরোন (কাল বিজ্ঞান) অমনি। "কোংবা" হায়রিবা মীতৈরোল শেংখ্রবা য়ারোল অসিবু, নোংগাখ্রবা পণ্ডিতরাজ শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মনা, "বেদগী মরোলনি, বেদনা গবাময়ন হায়বত্নু, মীতৈনা মচেং ঙাংত্নুনা মরোল স্সুদবদগী কোংবা হায়ঘিবনি" হায়জিন্দুনা, মীতৈগী চৈরাওবগী য়াফমদা; বেদগী মবোল কয়া পুশিন্দুনা, পণ্ডিতরাজগী পণ্ডিত্ব অত্নু উৎলি। অমগীগা, অমগা চাংদম্নত্নুনা পুখৎলকপা হাম্নবসি, অনৌবা য়ারোন অসিগী অনৌবা ঈচেন্নি। পাক-চাংথোরকপা মিংয়েং অমনি, অফবনি। অত্নুম্নদি ওয়রগা, ওয়দববু, নঙববু, য়েননবা হায়ত্নুনা, ইৎতুনা শেমত্নুনা পানশিল্লবদি, উহা য়াংদবা উচনগুম থোক্কনি। লেঙ্ড্রিবা, থেঙ্ড্রিবা মথৈ উচন মানগনি। লেঙ-থেঙবা য়াওরবদি, নিংখায়রক্কুনা উচন নত্তে হায়বা খঙকই। অদগুম্মদুনা, পণ্ডিতরাজগী রিসার্চ অসে, মীতৈরোন্না হেক থেঙবদা গ্রোং-গ্রোং হেক্কা নিংঘায়, প্রোপ-প্রোপ হেক্কা কেল্লি।

পণ্ডিতরাজনা—"গবাময়ন, কোংবা" লোল অনিসি মশা। অমতা ওয়হল্লি। হোয়, মন্থংগী ঈংচেলদি মানবস্থু য়ায় ; মপানগী পোৎশক্তি মানদে। পণ্ডিতরাজনা, গবাময়নবু, কুম্বাবা হায়না হল্লে। "কুম্বা" দগী "কোংবা" থোকহল্লে। পণ্ডিতরাজনা—"গো" দি মুংশানি। মুংশা ভায়বগী তৌবা যজ্ঞবু গবাময়ন সত্র কৌই। মুংশা য়েংহুনা চহি হৌই ; মুংশাদি চহিগী মশানি। কুমস্থু চহিনি। কুম পাববু কুম্বাবা কৌই। গবাময়ন = কুম্বাবা = কোংবা থোকই। অহুনা মীতৈরোনসি বেদ মবোননি সি ওয়রে। মসিদা মীতৈরোন্না তকশিন্নকইবনা—কুমদি চহি নত্তে, মুংশা নত্তে, থানি। কুমদি চিঞ্জাক্কী মশক্তি, চিঞ্জাক্তি থানা পি। চহি অমগী করিগুম্বা থাদা হৈ অমা, লৈ অমা, পাল্লো-শাৎলো; মাহুবু, মকুম মথা ওয়হুনা শাৎলে, পাল্লে হায়রৈ। অহুনদি কুমদি থানি। চৈরাওবদা চৈথাবনা লাওবা মবোলদা—"চাঁড, অনি মাগী লোয়দাম মকুম, মশাবু মৈনা ব্রাই তাংনা শম" হায়রিবি। ব্রাইহৈসিনা তাকপদি—নুমিৎ, থা অনি মা মাগী ওয়রকপা, লোয়দাম মকুম. মশাবু, অমনা মৈ ওয়হুনা চাকই ; অমনা তাং ওয়না শম্মি। মখোদি—থা অমা চাকখ্রগা থা অমনা শম্মী ; অমাংনি। থা কোবা মখল্লা কুম্যকতুনা পাল্লম্মগা লোয়ঘিহুনা লৈঘিদে। মীতৈনা লৈঘিদববু (উঘিদববু) তামঘিবা কৌই। অহুনা লোয়দাম মকুম হায়বিবসি থবুনি। নুমিৎকি অশাববু, মাগী+অশাবা=মশা কৌই। মীতৈগী লাইরাদা নুমিৎকি মহুৎ মৈনা শিল্লি। অহুনা নুমিৎপু মৈ ওয়না হায়বনি। মৈনা ব্রাই হায়বদি—থাবু নুমিৎনা চাকখি হায়বনি।

মথক্কী ৱাকম অসিদগী খণ্ডে—গো=মুমিংকি মণ্ডালবু, মীতৈনা গো হায়বা থোক্কত্তুনা কুম হায়খি, কুমনা কোং তারকই হায়রিবা পণ্ডিতরাজগী ভাষা বিজ্ঞানগী ৱাফমসি, মীতৈরোলগী ৱারোল-থোক্লা (ব্যুৎপত্তি) য়াদে। মীতৈরোলদি, মীতৈরোন্দা থিগদবনি। লোল অত্তুনা, লোল অতুগী ব্যাকরণনি। বেদ মরোলগা, মীতৈরোলগা শমজিন্নবা য়ারোয়। কলচর মান্নে হায়গে হায়বদি য়ায়। অমগীগা অমগা মানবা য়াদে হায়বা করিস্থ লৈতে। মীতৈরোলবু বেদ মরোন্দগী কায়ঘিবনি হায়ববদি লংজবা অচৌবা অমনি। পণ্ডিতরাজনা হায়রি—"মীতৈগী চহি হৌবা শজিবু ৭ নি পানবদা কোংবা লৈখোং ফাংলি; শজিবু ২১ নি পানবদা লৈখুন ফুল্লি"। শজিবু ৭নি পানবদা চৈদা শরিক থাংত্তুনা লাওববু চৈরাওবা কৌই। মসিমস্থ অঙকপা ৱাফম অমনি। চহিহৌববু, ৭নি পানবদগী ২১ নি পানবা ফাওবা মুমিং ১৫ নি চংবা হৌনদে। শজিবু ৭ নি পানবদগী ২১ নি পানবা ফাওবগী ১৫ নি অসিগী মুমিং অমদা, চহি মপুম ফাবা মুমিং অত্থ শোয়দনা ওয়গনি হায়রিব্রা? মাতুস্থ অঙ্কনা য়ারোয়। পানবা, শিবা হায়রগা থাগী খোংচংনি; চনবা, শুবা হায়রগা মুমিংকি খোংচংনি। থাগী খোংচংতা পাত্তুনা চহি শারবদি, অহৌবত্থ অমা হায়বা মশিংত্থ ওয়বা য়াররোয়। করিনা, মুমিংকা, থাগা চহিদা মুমিং ৫ নি খেন্নবনিনা। অহৌবা হায়বত্তুদি—১বা ওয়গদবনি। মাত্থদি—১লা বৈশাখ, ১লা জানুওয়ারী। পণ্ডিতরাজগী "পাথংবা অমস্থ মীতৈকীর্ত্তণ" কৌবা লাইরেক্তদি শজিবু ৭ নি পানবদা চৈথাবনা চৈদা শরিক থাংত্তুনা লাওরগা চৈরাওই হায়রি। ৭ নি পানবা

হায়বসিদি, মশিংগী অহৌবা নত্তে। মাসিমদি, য়াম্না পৌনা শোয়রবা মুনিদস্থু অকাওবা নায় হায়বত্থু ওয়বা তায়।

লমদাগী থাশু হুমিৎতা (থাশি নত্তে) লাই-খুনদিন লালুপ ফম্মী। মিকুপতগী হৌবা মতম পুম্নমক্না চহি কৌবা মতমদা পূলপ তিনঝিনঘিত্থুনা, চহি মপুম হেক ফাবদা—লাইগী মশক ওয়বা মতম পুম্নমক তিল্লি হায়ত্থুনা লাই-খুনদিন কৌই। মথং নোংডাল্লগা শজিবুগী ১বা হুমিৎকী হুমিৎ মশক হেক উববু অহানবা লাইনি হায়ত্থুনা ঈরাৎ থৌ কংলি। মাত্থু, হৌজিক্কা তৌরিবা চৈরাওবা হায়রিবা অসিনি। ঐখোয়গী থাদোকত্থুনা মীগীদা তাঙ্‌বদগী খংদত্থুনা, মীগী চহি লোয়-বগী "চড়ক পূজা" বু ঐখোয়না চহি হৌবা ওয়না নিংত্থুনা, য়াকখোয়গী চহি হৌবগী ঈরাৎ-থৌ চৈরাওববু, চড়ক পূজাদা হাপচিনঘি। চড়ক পূজাদি ৩০ শে চৈত্রদনি। মরিশুবা চহি ওয়রগা ৩১ শে চৈত্রদা তায়। লমদাগী থাশুনিনা, শুবা হুমিৎনি, হৌবা হুমিৎ নত্তে। মতম হায়বসিদি মিকুপ অমতা ফাওবা পোত্থাবা লৈতবনিনা, শুবগী মথংগী মিকুপ অত্থুদগী অমুক হৌপ্রগদবনি। অত্থুনা চড়ক পূজাদা চৈরাওবা হাপচিনঘিবা অসিদা, চহি হৌবগী করিস্থু অকায়বা লৈত্রবস্থু, ঈরাৎ-থৌগীদি—লাইরা লাইরোন অকায়বা শোয়দনা থোক্কনি। লাইরা লাইরোন অকায়বা লাকইবা অসিগী তেকচাক নংগদবা লৈরবদি কনানা নংগনি, মাত্থু য়াকখোয়না খংদে। ঐখোয়গী লেমজতম ওয়বা ইহৈ অত্থু মাংহনঘরে হায়বদি ঐখোয়না মুন্না খঙি।

ঐখোয়গী থাদোকখিবদগী মথং মথং কায়রকত্থুনা কুমগী লাকয়েনস্থু থুগাইরে। লাকয়েন হায়রিবা য়ারোল অসি তাইনভম

হায়বনি। অমগা অমগা তাইনভম অতুবু লাকয়েন কৌই। থাগী চহিনা, চহি মপুম ফাগদবা নুমিৎ ৫ নি রাৎলিবা অতুবু হাপচিন্দুনা. চহি মপুম ফাহল্লগা, মথং চহিগী অহৌবগা তাইনহনবা অতুবু কুমগী লাকয়েন কৌই। এপ্রিলগী তাং ১৩ | ১৩ দা চৈরাওরিবা অসিদি চহি মপুম চপ চানা ফারবনি। মপুম ফারবা মক্তদা অমুক হাপ- চিল্লবদি, অমগী অরোয়বগা, অমগী অহৌবগীগা লাকয়েন হায়বত্তুদি থোকত্রে। লাকয়েনদা তৌগদবা ঈরাৎ-থৌ অতুবু, লাকয়েন নত্তবদা তৌরবদি অরানবা থবক্কী তেকচাক ফডোয়দ্রা? হৌজিক্তা কুমগী লাকয়েন অসি—চৈরাওবা মতুং ৫ নি ফাওবা সনামহি তল কৎপা, লাইমাঙ ফম্বা হায়না চৎনরি। চুম্না লাই খুরুম্বনি, লাইপাও তাবনি থোইদোকপা তেকচাক ফংনিঙাই লৈতে হায়বা য়ায়। অতুবু অরানবা থবক তৌবগী ফংদবা য়াদবা তেকচাক্তি ঐথোয়গী ইহৈ মাংঘিতুনা থংদ-হৈতবগী অচোপ্পা ফডিবা অসিমনি। অতুগী মথক্তা পুন্সিগী অহৌবদা হরাও তয়ামতুনা শুদবনা হৌরবদি— শেংক্ত-চাদবনা পোলোয় ওয়বা শোয়দ্রে। লাই খুরুমতুনা হরাও তয়াম তৌগদবা লৈরবস্তু, অরা-নুঙাই লেল্লক্লবা চহিগী অরোয়বদা তৌবা য়ায়। চহি অতুমগী অহৌবা নুমিৎ অতুমতং থৌশিন পরেং অমা শিন্দোক্লবা রাখল থলবগীদমক পোৎথাবস্তু য়ায়। অতু নত্তনা চহি অমগী অহৌবদা, হরাও-তয়াম তৌতুনা নুমিৎ ৫ নি মাংহনবা, শুদনা হৌবা হায়বসিমস্তু অমাংবা অচোবা অমনি।

মথক্তা নৈনরিবা অস্নুম্না, চৈরাওবা অসিদগী উমং লাই ৩৬১, শরোয় ৬১ হায়তুনা মীতৈনা, থাজনরকইবা লাই পুন্নমক চৈরাওবা

হায়রিবা রাহৈ অসিদগী ফগে। চৈরাওবনা লাই পুম্নমক নিংঝিং-হনবা গুম্বা ওস্লোক্লা শেংগ্রবা অমনি। মীতৈগী মনুংদা চৈরাওবা মুমিংমুক শেংবা অমমুক লৈঘিদরে। লাই মুমিংনি হায়তুনা পুক্নিংদা শেংবা নত্তে. মপানগী থবক্কস্মু মামুক শেংবা মুমিং অতৈ লৈঘিদরে। পুম্নমক্লা খংনরিবা পোৎনি, শাড়ুতুনা কান্নদে—মুমিং অসিদা মীতৈ পুম্নমক অহনবা য়ুমদা হোংজিল্লে হায়বা য়ায়; ফীশেং শেৎতুনা লৈ হায়বা য়ায়। ইমুং মনুংতা নত্তনা ইংথোন শম্বল ফাওবা শেংদোক-তুনা তীসমু সাইমু ফাওবা তাম্ধোকই। পুক্নিং শেংবতা নত্তনা, পুক্নিং চাওথোরকই, মিংয়েং পাকথোরকই।

চৈরাওবা মুমিংতা সনামহী চায়থৈ; সনামহীদা কংপা মথেল-লুকোয় য়াম্না থোড়ি; শাগৈগী অহল-লমনদা অনৌ অপেন থিল্লি; চামিন্নবদা হঙ্গোইনদবা য়ুমলোন-কৈরোন্নবদসু মথেল-লুকোয় লাম্নে। চাক্রিডৈগী মমাংদা, থোড়িবা পুম্নমক অতু মথেল-লুকোয় শেমতুনা, কোন্ধোংদা রাই-তৈথোক্লবা অশেংবা মফমদা চাক এনশাং থাদোকই। তৌরিবা পুম্নমক অসে তাইবংপানবদা লৈরিবা থৌরায় পানবা পুন্নম ক্লগী, সঁওয়া হায়বা ঐথোরনা অথোয়বনি হায়বগী চাওথোক-চভম অমা লৈরিবদো উৎথোকপনি। য়ুমলোল-কৈরোন্নবদা মথেল-লুকোয় লান্নবা হায়বসি, মী মশেল অমগা অমগা নুংশিনবা উৎপনি। অহল-লমনদা অনৌ অপেন থিল্লিবা অতুনা, থৌগল অমসু নোঙ্লুকপা (ভক্তি ও প্রেম) উৎপনি। চাক এনশাং কোন্ধোংদা থাদোকইবতু, মথোয় অতুগুম্বতনা চাগদবনি, মথোয় অতুদি চাবা চাদে হায়বা অকক্লবা লৈতে; করি কনাগুম্বনা চাঘিবা য়ায়। অতুনদি অপোকপনা

পোকইবা, তাইবং থৌরায় পুন্নমক্তা থাদোকপনি। পুন্নমক্তা পুনশিল্লগা অপোকপা ওয়রিবনি। অদু ওয়রবদি—পুন্নমক্তা থাদোকঅগা, অপোকপা লাইদা কংপগা (বিশ্বদেবতা পূজা) মান্নরে। মাসিনা, থৌরায় পানবা পুন্নমকপু লাইগী মশক ওয়না উই (জীবই ঈশ্বর) হায়বদু তাক্লী। মুংশিবগী মিংয়েং পাকথোরকপনি (বিশ্ব প্রেম)। ইপং পংনা (কুসংস্কার ভ্রমধারনাদা) চাক এনশাং হুঞ্জেকপা নত্তে। শজিবু চৈরাওবা মুমিত্তগী কাং শানবা হৌই। কাং শানবদা মীতৈগী য়েক ৭ শলাই ৮ থায়বগী রা য়াওরি। মাদু মতাং নত্তে, পঞ্জত্রে। ১৯৬০ ইংদা মীতৈ মরূপনা ফোংখিবা মীতৈ ঈনাৎ কৌবা লাইরেক্তা কাং শানবগী রা মপুং ফানা ফংবিগনি।

---

# সনামহী কাংদোংবা।

খিং খিং তাগুপ্পা, হীমনিক তাগুপ্পা, য়ায়মনিক তাগুপ্পা, নিরু-সন্না মরিংবা, য়োয়ময়ায় তাওদলবা, সনামহী য়ায়জরেন নুমিৎ কৌবা লাইদি মিকুপ অমতম্সু পোৎথাদে। সনা কাংজাও তোংদুনা, তাইবংপানবা দমক্কী, তাইবং সনবা দমক্কী নোংখোং কোইবা চৎথরে। নুমিৎনা তোঙিবা কাং অসিদি—অকিবা ফংনা চাওম্রবা, অকিবা ফংবা মশক্লি—শগোল ৭ না চিংবনি ; ময়োন পৌরোন ৬ তা কাং-খোং ১২ পানবনি। চিরোং হুয়া উত্রা থেংপনি। নুমিৎনা নোংখোং কোয়রুরগা হল্লকতুনা হান্নগী লমধাবুং য়োবদা চহি অমা ওয়। মরম অতুনা মফম অতুগী মমিংবু, চহি কোয়রুরে হায়বগী চহি কৌবসু য়ায়। নুমিৎনা চহি কৌবা মফমবু কোয়রুরগা হান্নগী মফম য়োরগা পোংখা-দনা অমুক হেক চৎঘিবসি শজিবুগী অহানবা নুমিৎতগীনি। অতুনা মাতু কাওদনবগীমক চহি খুদিংগী চৈ পায়তুনা লাওরগা নুমিৎ অসিবু নিংঝংনৈ। নিংঝংবা নুমিৎতা তৌবা খো অসিবু চৈরাওবা হায়নৈ।

নুমিৎনা কাংতোংদুনা, শজিবুদগী চহি কৌবা মফমদা কোয়ববু, মীওইবনা নিংঝংবগী মশক ওয়না, শজিবুগী ১বা নুমিৎতগী কাং শানবা হৌই। মাতুবসু শজিবু কাং হায়না কৌনৈ। থা ১২ অসিগী মমুংদা করিগুম্বা থা অমদগী চহি হৌদুনা কুম পাবদা অকায়বা করিসু লৈতে। অতুবু শজিবুদগী হৌরম্মীবা অসিগী মরম অমদি লৈরম্বা

তায়। চহি অমগী মুংশাগী মৈশা অসি ঐথোয়দা থেম্নবা ফাওই। মপুংদা নিংথম-থা, কালেন-থা অনি অসিনি। নোংমদা নত্রগা থা অমদা খংওল ওনদে। মশক খংহন্দনা থর থর ওয়না ওনঘি। মুংশাগী মৈশানা অইং অসা থেম্নববু, মীতৈনা কুপনা নৈনহুনা অইং অসাগী চাংবু ৮ থোকনা থায়দোকখি। কুপনা নৈনহুনা ফংব। চাং অহুবু লাইরা ওয়না থমঘি। মাহুনা ঙসিদি ঐখোয়গী কান্নবা ওয়ররি। লাইরা অহুদি "কোংবা লৈথোং ফাংপা শজিবু লৈখুন ফুনবা" হায়রিবা অসিনি। ঈপা ঈপু লাইশিং অহুনা লাইরা ওয়না থমহুনা কুমজা ঈরাংতা শোন্নরমদ্রবদি ঙসিদা ঐখোয়না লিখুন ফভারোয়।

কোংবা-লৈথোং-ফাংপা শজিবু লৈখুন ফুনবা হায়রিবা অসি মুমিং মশক নায়রি। শজিবুগী ৭ নি পানবদা লৈথোং ফাংলি, ২১ নি পানবদা লৈখুন ফুল্লি। অহুনা, হৌজিক মশিং য়াওরবনিনা পাবা চঙে। "কোংবা" হায়বা ৱারোল অসি "কুম্বা" হায়বদগী কায়ঘিবনি হায়নরি। ওয়বম্ম য়ায়, ওয়নি। "উ, ও অনিসি হায়-দোকপদা ঈনিল থোয়না থেম্নদে। অহুনা, "কু" বু "কো" ওয়না য়াংতকনা হায়ঘিবনি। "ঙ, ম" অনি অসিম্ম হায়দোকপদা নাতোন্দা ফাওবা হাইফেৎ মান্নৈ। কুম=কোং, কুমবা কোংবা ওয়ঘিবনি। অহুনা কোংবা হায়রিবসি, কুম পাবা হায়বনি। মচিনঙৈদা কুম পাবসি, মুমিং থাগী মশক য়েংহুনা, কুমনা পুরকপা মহৈ-মরোং য়েং-হুনা, লৈপাক লৈমায়গী অচোং অকং য়েংহুনা পারম্মী। লৈপাক লৈমায়না কংশিল্লকতুনা লৈক্রক লাওনা চংলকপবু, মালেম চেথায়রে

হায়তুনা, লৈথোং-ফাংপা হায়নৈ। শজিবুগী নোং মুংশিংনা লৈপাক থোংলবদা, মহৈ-মরোং থানবগী দমক থোইদোক য়ানধোকতুনা, লৈক্রক ফুল্লে। মাতুবু, শজিবু লৈখুন ফুনবা হায়নৈ।

শজিবুদগী মুংশা কন্না হাইগংলে হায়বতু, লৈক্রক লাওনা চংপদগী থডি। শা = মুংশা, শি = শিধরকয়ে, ফু = শাফু কন্না, শা + শি + ফু = শশিফু = শজিবু হায়না কৌনঘি। চহি হায়বসিদি মুংশানিনা, মুংশাগী মৈশাগা লোয়নরিবা কুমশিং থাশিংবু শিংথাবা হোরে।

## চহি অমগী ওল্লিবা থাশিং :—

১। শজিবু - (শা + শি + ফু) = শজিবু। কাংথোং অমা।

২। কালেন = (শাবনা থম থেংলগা কায়। কান লেল্লি) = কালেন। কাংথোং অনি।

৩। ঈঙা = (কুমগী নোংচুবতুনা থরা ঈঙে) = ঈঙা। কাংথোং অহুম।

৪। ঈঙেন = (ঈঙ্বনা এন ওয়তুনা লৈহাও কারে। ঈঙ্ + এন) = ঈঙেন। কাংথোং মরি।

৫। থৌৱান = (থৌ য়াংনা শুবা, ৱান্নবগী দমক, থৌ + ৱান) = থৌৱান। কাংথোং মঙা।

৬। লাংবন = (লাং = ফাননবা + পন = থিংজিনবা। লৈহাও ফাননবগী লৌরি থাদোক থাজিন তৌবা। লাং + পন) = লাংবন। কাংথোং তরুক।

৭। মেরা = (তু-থোং ঈশিং কংগ্রতুনা ঈশিংদা লৈরম্বা মহিক মতাংনচিংবা হাৎননবা মৈরা থানবা) = মেরা কাংথোং তরেৎ।

৮। হিয়াঙ্গৈ = (হি = ফৌ, কৈদা কাননবা য়াংনা মুনশিন্নকপা। হি +য়াং+কৈ) = হিয়াঙ্গৈ। কাংথোং নিপাল।

৯। পোইন্নু = (ন্নু be superior to (one) in ফৌ পুন্নমক লোয়না ফোইবা ফোই+ন্নু) = পোইন্নু।

১০। ৱাকচিং = (ৱাজমনগী পোৎথোক অদু কারগে হায়দুনা চিংখৎ-পা। ৱা+কা+চিং) = ৱাকচিং। কাংথোং তরা।

১১। ফাইরেন = (কুমগী তাগদবা নোং অদু নোংথক্তা ফাইদুনা লেল্লি। ফাই+লেন্ন) = ফাইরেন। কাংথোং তরামথোই।

১২। লমদা = (নোং অদু তম্পাক লম্পাক্তা তারে। লম+তা) = লমদা। কাংথোং তরানিথোই।

মতৌ অসুন্না নোং, স্নুংশা, মহৈ-মরোং থাবা অমসুং লোক-পগা মরি লৈননা থা ১২ অসি থোকখি। মীতৈনা লৌ উদুনা চাগনি হায়বসি খঙকপা কয়া কুইরবগে হঙাবদি, থাগী থামিংশিং অসিনা লৈরকপগী মমাংদগীনি হায়বা য়ায়। মাদু, লৌ-পানবা, লৌ-লোকপগা থাগী মমিংগা মরি লৈনরিবা অসিনা খংবা ঙম্মী। আর্য্যনা লৌ উবা হৈরকপবুদি, মীতৈনা লৌ উবা হৈরকপনা হান-গনি হায়না মীতৈগী অখং-অহৈশিংনা হায়নরম্মী।

শজিবুদগী চহি হৌদুনা থা ১২ চোংথোকয়ে। শজিবু ৭ নি পানবা লৈথোং ফাৎপা ২১ নি পানবা লৈখুন ফুনবা হায়দুনা, ৭ তগী ২১ ফাওবা মুমিৎ ১৫ নি অমদি চয়োন অনি পুথোকঅম্মীবা অসিসু "কাঙুং" (চক্র) অমনি। থা ১২ মক থা খুদিংগী চয়োন কৌবা মথোং ৪ | ৪ পাল্লি। শজিবু ৭ নি পানবগী অহানবা চয়োন অসিমা

লৌথোকঅসি। অতু ওয়রবদি ২১ নি ফাওবদদি চয়োন ২ নি। মশক নায়রিবা চয়োন ২ অসিগা, লেম্মীবা চয়োন অতুমগা হৌজিক শজিবুগী চয়োন অহুম লৈরি। শজিবুগী চয়োন অহুম অসিদা কালেনগী চয়োন ৩ হাপচিন্দুনা চয়োন ৬ লৌরসি মাসিবু ১ কৌরসি। লৈহৌরিবা কালেনগী চয়োন ১, ঈঙাগী চয়োন ৪, ঈঙেনগী চয়োন ১, চয়োন ৬ অসিনা ২ কৌরসি। ঈঙেনগী ৩ থৌৱানগী ৩, চয়োন ৬ অসিনা ৩ কৌরসি। থৌৱানগী ১, লাংবনগী ৪, মেরাগী ১, চয়োন ৬ অসিনা ৪ কৌরসি। মেরাগী ৩, হিয়াংগৈগী ৩, চয়োন ৬ অসিনা ৫ কৌরসি। হিয়াংগৈগী ১, পোইনুগী ৪, ৱাকচিংগী ১, চয়োন ৬ অসিনা ৬ কৌরসি। ৱাকচিংগী ৩, ফাইরেনগী ৩, চয়োন ৬ অসিনা ৭ কৌরসি। ফাইরেনগী ১, লমদাগী ৪, অহানবা থায়দোকথিবা শজিবুগী ১, চয়োন ৬ অসিনা ৮ কৌরসি। অতুনা, হৌজিক শজিবুদা ৮ গা ১ গা শন্নরে। অহৌবগা অরোয়বগা শন্নরবদি কোয়না চংপা পোং অমনি হায়বতু থণে।

শজিবু ৭ নি পানবদগী হৌরতুনা চহিগী মশাবু ৮ থোক্না য়েন্থোকইবা অসিবু শলাই ৮ কৈ ই। শলাইদি নুংশানি। শন্নিবা + লাই = শলাইনি। থা ১২ বু থা খুদিংগী চয়োন ৪। ৪ লাকতুনা পাবদা চয়োন ১২ × ৪ = ৪৮ দনি। চহিগী মপুম ফাগদবদি চয়োন ৫২ গা নোংমনি। অতুনা চহি ফাগদবা চয়োন ৪ গা নোংমা ৱাংলি। ৱাংলিবা চয়োন ৪ গা নোংমা অসি, থা ১২ মক্কী অহাংবা মরক্তা চায়শিনঘরে। অহাংবদা চায়শিনঘিতুনা মাংঘিবা চয়োন ৪ গা নোংমা, হায়বদি নুমিৎ ২৯ নি অসিনা শলাই অমা ওয়রতুনা মমুংদা

চৎলে। মপান্দা শলাই ৮ থোক্লা থায়রে, মমুংদা শলাই অমনা মশক উদনা চৎলে। অতুনা শলাই ৯ শুরে। মমুংদা চৎপা শলাইদি মশক উদে, অতুনা মপুংদা শলাই ৮ হায়না চৎনরে। শলাই ৮ থোক্লা থায়রিবা অসি, চহি ১গী মুংশাগী মৈশাবু মতম ৮ থোক্লা থায়-দোকতুনা, অইং অশাগী চাং ৮ থোক্লা থায়দোকপনি।

চহিগী মশা অসি অইং অশাগী মতম থায়দোকপদা নত্তুনা, মচু মরোং মতৌশু থায়দোকই। শজিবু--কালেন, ঈঙা-ঈঙেন, হায়তুনা থা ২ | ২ না থারুক ১ | ১ শাতুনা থারুক ৬ থোক্লা থায়দোকই। থারুক অমগা অমগা মচু ময়েক মরোং মতৌ তিনদে :—শজিবু-কা-লেনগী শেংলবা অতিয়াগী মচুগা ; ঈঙা-ঈঙেনগা নোং পুবা অতি-য়াগী মচু ময়েক্কা; থৌরান লাংবনগী ডাহাকমু নোং মইরবা, ডাহাকমু নোং মহাইদোকখিবা অতিয়াগী মচু ময়েক্কা ; মচু ময়েক ইতিন তিন্নদে। নিংথম থাগীমু মেরা হিয়াংগৈগা লৈচিন নোংকাই হাই-ফেং থাবা অতিয়াগা, পোইনু ব্লাকচিংগী লৈচিন কুংনা থাবা অতি-য়াগা ; ফাইরেন লমদাগী লৈচিন তাকত্রবা অতিয়াগী মচু ময়েক্কা ইতিন তিন্নদে। থাগী চহিনা, মুমিংকী চহি য়োগদবা মুমিং ৫ নি ব্লাৎতুনা কুমগী লাকয়েন মুমিং ৫ | ৫ নি হাপখ্রিবা অতুনা থা ফারগা থারুক অমা চো ধোরকই। অতুনা চহি অমগী থারুক ৭ হায়না চৎ-নৈ। চোংধোরকইবা থারুক অতুগীমু মচু অমা নায়তুনা মচু ৭ শুই। মাসিবু য়েক তরেৎ কৌই।

মুমিংনা চংলিবা চহি কৌবা মফমবু য়েক তরেৎ, শলাই নিপাল থোক্লা থায়দোকঅগা মাতুগী মরোং অমা লাকতুনা কাংশং কৌনা

য়াৎলি। অতুনা কাংশং হায়রিবা অসি চহিগী মশক লাকপনি। মুমিংপু অতিয়াদা তাওতুনা চৎপা অকোয়বা পোৎ অমা ওয়না উই। অকোয়বা পোৎ অমনা মমিং কাং কৌতুনা, মুমিংকী মশক লাকই। মুমিংনা চহি কৌবা মফমদা তাওতুনা চৎপবু, মুংমিংকী মশক লাকইবা (Symbol) অকোয়বা কাং অতু, চহিগী মশক লাকইবা কাংশংদা হুন্দুনা মুমিংনা তাওতুনা চৎপবু নিংঝংই। কাং=লেংবা (Automatic) থংনৈ। লেংবদগী চৎপা থোরকই। চৎপগী হৌনবী পথাপ অতুবু কাংলোন কৌই। থা ১বু চেকফৈ কৌতুনা, চেকফৈতু অনি তাল্লগা. লমধা অমা কাপ্পী। লমধানা থারুক্কি মশক্কি। লমধা অমসু চেকফৈগী কাংলোন্না পাঞ্জল শেম্মী। থা হায়বসি নিম্মাং, নিন্দুং নাকন অনি থোকই নাকনবু মচেকসু কৌই। থানা মচেক অনি ফৈনা (ময়ুং নত্তবা) চংনৈ হায়তুনা, থাগী মশক লাকইবা অতুবু চেকফৈ কৌই। থা ২ | ২ না মরম ওয়তুনা চৎলিবা মরম কুম্মু থায় (চংঙল্লি) হায়তুনা, থা অনিগী মশক লাকইবা অতুবু লম+ধা=লমধা কৌই। কাং শা- বগী কাংলোন্না য়াম্না শুগাইনা তাক্লী—কাংলোন্দা অরৌ, অশি হায়ব'মা : অচং, অহন হায়ব'মা অনি শুরি।

মতাইগী লমধা পাল্লগা, শিব'মা লোব'মা অনিনি। মাসিনা তাকপদি, মতাইনা কাংশংগী অবেপ্পা মফম ওয়বনা, মতাইদি চহিগী মশক্কি। চহিগী শকফম অতু মপুং ফারগা, চহিগী মশক অতু মাংঘি। মাংঘিবা চহি অতু মশিং থিজিন্দুনা লোই। অতুনা চহিবু অরৌ অশি কৌই। মরক্কী লমধা পাল্লে—চংব'মা, হনব'মা অনিগী মরক্তা অমা তৌবা তারে। মতাই মথং লমধা পান্দুনা কা চঙে—কাপফম্না মতাই

মথংগী চেকফৈ কাংখুন্দগী কাপকনি। কাং থাভম শম্বুম মফৈ অমতা হেন্দোকপা য়াদে; চপ চানা থারগা কাপকনি। কাংঘিনভম্না অনি মথংগী লমধা কাংখুনগী মপা চপ চানা চংখংতুনা খিনগনি। কাং চডিবা অতুনা পাল্লগা, কাপ্পীবা কাং অতুনা কাংঘিনভমদগী শম্বুম মফৈ অমতং হেন্দোকপদা পাঞ্জল লৌরোয়। কাংঘিনভম চপ চানা নন্দুনা লৈরপা পাঞ্জল লৌগনি। মতাই মথংনা কাং চংবদা কাপ্পী-বসি, চেকফৈ কাংখুন অমা মথাইগী লমনি। অতুনদি চহি ১গী থা ১২বু, থা ১২না শলাই ৮ থোক্লা থায়দোকপবু চেকফৈ ১২গী নম মরক চতুনা শলাই ৮ বু নিংঝংবনি।

কাং চংবা (মরক চংবা) হায়রিবসি জ্যোতিষ শাস্ত্রনা পুথোকপা গ্রহগী লৈনরিবা মরী অতুনি। কাং চংবা (মরক চংব) The interception of the light of one celestial body by another) অতুবু মীতৈনা শলাই কৌবনি। শলাই অতুবু মমিং থোল্লগা অতোপ্পা মমিং অমুক থোরকই। কাং হল্লগা কাংখুন পুন্নমক লান্না ফৈনা থুংনা কাপথোকই। কাংশংনা চহিগী মশক ওয়রিবতিনা, কাংশং থুংনা কাপ্পীবা অতুদি, নুমিংনা চংলিবা “কাংলন” বু (Ecliptic) তাকপনি। লম্বেল অতুদা চহিনা হঞ্জিন হঞ্জিন চংতুনা লৈ হায়বা নিংঝংবনি। কাং শানবগী থায়বোক চল্লগা পন ওন্দুনা কুম্বী কালেন ওন্নববু নিংঝংনৈ। মতাই অচোবনা শজিবুগী মশকনি; মতাই খুশিনা মেরাগী মশকনি। অশুম্না চহি ১গী নশাবু য়েক ৭ শলাই ৮ থোক্লা থায়দোকতুনা কাং শানবগী কাংলোন ওয়না শেম-দোকতুনা চহিবু নিংঝংনৈ।

য়েক শলাইদি মীতৈনা ঈপা ঈপূ পোকপা, অপোকপা লাইনি হায়না নিংই। য়েক ৭ পূ পোকপদি পাখংবনি। অদুনদি ময়েক্না তারে—মীতৈনা চহিবু লাই পাখংবা হায়দুনা মশক পানবনি। চহিদি মফম্না পোকপনি, মফম লৈত্রবদি চহি লৈরোয়। মফমবু শোরাবেন কৌই, অদুনা পাখংববু শোবাবেন্না পোকই হায়বদুস্নু কায়নদ্রে। পাখংবনা য়েক-শলাই পোকই। য়েক-শলাইগী মশক্তি নুংশানি, নুংশাগী অথুপ্পা মশকপু চহি কৌই। নুংশাদি নুমিত্তগী থোকপনি নুমিংনা চল্লি। নুমিৎকি "মনুৎপু" (নুমিৎকি ময়োন্দা লৈবা মৈশা) সনামহী কৌই। অদুনদি সনামহীনা পাখংবগী ময়াম্বনি হায়রিবদুস্নু কায়নদ্রে। সনামহীনা, "তাও+পী+য়োয়+লাই" নি, পাখংবনা "তাও+য়োয়+লাইনি। লোলগী হৌনবী থৈরক্তুনা পাখংববু তাওরোইনাই হায়নঘি।

সনামহীনা (নুমিংনা) কাং তোংদুনা চহি কোবা মফমদা কোয়ববু, মীতৈনা কাংলোন পুথোক্তুনা কাং শানবা হৌনা উৎলি। মাসিবু, পাখংবা শকোক ক লেংবোনদনা সনামহী নোংখোং কোয়বা হায়দুনা নুঙায়ববা ৱারী অমা ওয়না পুথোকই। মাদু মীতৈগী কংলৈরোন (বেদ) নি নথক্না শম্নপনা পঙম্রবা সনামহীনা তোংবা কাংদ শগোল ৭ না চিংও হায়রিবা অদুদি—নোংম নোংমনা চিংদুনা চহি য়োই হায়দুনা, চয়োল অমগী নুমিং ৭ নিবু শগোল ওয়না মশক পানবনি। থা ১২ না ওন্না ওন্না চংলি হায়দুনা থা ১২ বু কাংখোং ১২ ওয়না মশক পানবনি। থা ২।২ গী শকফম মান্ননা চংলি হায়দুনা থা ২ গী থারুক (ঋতু) ৬ না ময়োন পৌরোন ওয়না মশক

পানবনি। মতম তায়বসিদি নুংশিহৈতবা অকিবগী মশক্তি, হুগী মশক ওয়রবা অপাম্বা (কাম) হায়বত্নস্থ মতমনা পুবকই হায়তুনা, মতমবু অকিবগী মশক ওয়রবা চিংলাইগী শাথেক, হু-পুবা হুয়াগী মশক হক্কুনা "উত্রা" গোংলি "উত্রা" হায়রিবসি "উদ্রা" হায়বনি। মাতুদি মতম্না অকিবা মশক পুরকইবা অহুবু উদ্রা হায়বনি। অস্তক ফজম্রবা মীতৈগী মতম কাংলৈথোন (কাল-বিজ্ঞান) অসিবু মীগীদা তাংজবগী মায়খুমনা খুনমিংনা মাতৈনা উম্বিদরে। উংথোকতবা ফাওবা থাজবা উমদ্রে।

# মেরা-শলদুবা।

মথক্তা পনম্রবা মকম কোনবীগী পীপা হায়বদু, কুম্বী কালেন অনিবু হায়বনি। শজিবনা কালেন-থাগী অহৌবনি: মেরানা কুম্বীগী অহৌবনি। নুংশানা শাগংলকপবু হাইগংলকপা কৌই: নুংশা ইংধবকপবু হাইধবকপা কৌই। হাইধববু তুবস্ন কৌই। শন্দোকপনা মহাক্কী হৌনশা ওয়রিবা অতুব শল কৌই। নুংশাগী হৌনশাদি শন্দোকপনি। মেরা য়োরতুনা নুংশা হাইধববু মেরা-শলতুবা হায়না খংনরে। মেবাদা শলতুবসি, মথক্তা নৈনম্রবা-শজিবু ৭নি পানবদা কোংবা লৈথোং ফাংপা হায়রুনা, শজিবুগী অহানবা নুমিৎ ৭নিদি, শলাই থায়বকপদা নিংথম-থাদা য়াওতুনা ৮ সুবা শলাইদা চংগ্রে। শজিবুগী চয়োন অমা নিংথম-থাদা চংঘিবা অতুনা, মেরাগী চয়োন অমা ওলাং থাদা চংগনি। নত্রবদি কুম্বী, কালেন থা ৬ | ৬ হায়বতু কায়নরক্কনি। অতুনা মেরাগী অনিসুবা

চয়োন্দগী হায়বদি মেবাগী থাবুং-থানিন মুমিংতগী নিংথম-থা চংঘরে। মেরাগী থাবুং-থানিন নুমিং অসিদি চহি ংগী মন্নংদা লৈরিবা অহিং খিবিক্কা মতিক ময়ায়বু অপোকপা মপুনা পুলপ চিংঝিনবা, মপুগী মতিক ময়ায় মপুং ফানা উংথোকপা লা-না মেংগ্রবা থানিন (শরৎ) য়ায়ফ-থোয়বা অহিং অমনি। করমনা ওয়রিবনো হায়ববু অতৈবা, অশাবা হায়বসি মীওয়বনা থাংবদা য়াই। মেবা-থানিন নুমিং অসিদি থাংবদা য়াববা অশাবনা থর থর ওয়না ইধবক্কুনা, অশাবগী অহেনবা চা হেক লোয়ঘিবা নুমিংনি। অতুনা মথক্কী অহিং পুন্নমক্কা থর থর হায়বা মরী অতু শন্নবক্কুনা, মকন অসিদ চপ চাবা হায়বা মতম অমদ থুগ্রাবি। নুমিং অসিদগী থব থব ওয়না ইধবক্কুনা, থাংবদা য়াববা অইংবা হায়বতুগা থেনগদোরিবনি। অতুনা, ই চক্কদোরিবা অহিং পুন্নমক-কসু থর থর হায়বা মরী অতুগা শন্নভ্রি।

খ্বাইদগী পিকপা চাংবু থর কৌই। থর হায়বা মরা অসিদি অহিং অমগসু অহিং পুন্নমক্কা অতুমক শন্নাববনি। অতু ওয়তুনসু অহিং অতৈবুদি থক নিংডুদে। অহিং পুন্নমক্কগী খ্বাইদগী নুডায়বা, খ্বাইদগী ফজবা অহিং অতুবু, মডোন্দগী হন্ধবা অহিংশিংদা কাওবা ঈডম ডমদে। ফজবা থারকপদা, নুডায়বা থারকপদা মডোন্দা হঞ্জিল্লি। অতুনা মহাক্কা (মেরাগী থানিন্না) অহিং পুন্নমক্কী অস্থুপ্পা মশকনি। অসি-গুম্না—শজিবুগী থানিনসু মতিক ময়ায় চেল্লি। মেরা থা থাবুং মতুং হেক তারকপা অসিদদি মীওয়বনা ঈডে হায়বনি - হকচাংদা ফাওরে (perception), পুক্নিংদসু ফাওরে (conception)।

অতুনা অযুক নুংশা পান্মে, অহিং ফী তায়য়োন্ননিডে। অতুনা মীওয়বনা নুংশা পামতুনা নুংশাবু ডায়নরে। অডাং অতনববু নুমিৎ থোকয়ে হৌগৎলো হায়বপ্পক. নুংশা থোকয়ে হৌগৎলো হায়নরে। নুংশা হাইগংত্রিড়ৈদা থবক লোয়থোকহৌশি হায়ন-নুংশা থোকয়ে থবক পায়রসি, নুংশা লুমড্রিড়ৈদা থবক লোয়থোক-হৌশি হায়নরে। মীওয়বনা হিংতুনা পানবগী থবক পুন্নমক নুংশাদা লোয়না হাপচিল্লে, নুংশানা মীওয়বদা ওন্থোক্লা কান্নববা পোৎ অমা ওয়রে।

থোরকপদা নুমিৎপুদি নুংশামা হান্না উই। তাজ্বিবদা ডুমিৎনা হান্না তাঘি। নুংশা পামড্রিড়ৈদা মাতু করিম্ন থম্লুদে: নুংশা পাম্নবা মতমদা, মীওয়বনা মাতু উবকই। হান্না থোকপা নুংশাবু, তাঘিবদা নুমিৎনা হান্না তাঘি, অতুনা নুংশাবগী নুমিৎনা য়াডি হায়গুম্বা অমা পান্দম তৌনিংই। নুমিৎপু, অনেম্বদগী থোবকঅগা নোংদোন থেংনা-ৱাংনা চৎথিতুনা অনেম্বদা শাঘিবা ওয়না উই। অতুগা নুংশা অতুনা নুমিৎপু য়াংনা তান্নঘিবসু মাল্লি। মথক্কী পান্দম অতুম অসিদগী লৌতুনা; পান্দমশিং অসিগী মশক অমুক পুথোকই। মাতুদি—অকোয়বা মতুম ওয়না উবা নুমিৎপু পিক-শিন্না অকোয়বা মতুম কাংদ্রুম অমা শাতুনা নুমিৎকি মশক লাকই। লাকইবা মশক লাকইবা কাংদ্রুম অতুবু কাংজৈ কাংতুনা থোমতুনা নুমিৎনা চংপগুম চংহল্লি। নুমিৎপু নুংশ না য়াংনা তান্নবগুম উরিবতু; নুংশাদি নুমিৎকি মশাগা সাগোন্নি হায়তুনা—শা = মশাগা, কোণ = কোন্নবা শা, + কোন = শকোন = শগোল হায়বা ৱাহৈ অনা থোকলে।

ৱাহৈ অসিবু ৱাহৈ মান্নবা পোং অমনা মহুৎ শিল্লি। শগোল হায়বা ৱাহৈ অসিগা শগোলগা মান্নে। মান্নবনা মান্নবগী মহুৎ শিনবা য়ায় হায়বা ৱায়েনগী পথাপ লৈ। মরম অতুনা, শগোল হায়বা ৱাহৈগী মহুৎ শগোলনা শিন্দুনা, নুমিৎপু নুংশানা তান্নবগী মতৌবু, শগোলনা কাংক্রুম তান্নহুনা মতৌ তম্মে।

কাংক্রুমবু কাংজৈ কাংহুনা থোম্বদা ৱাণ্ডিবা, শাল্লিবা অসিগা মান্নবা, মীওয়বগী পাঙ্গন্না হাকথেংননা তৌবা থবক্কি মমুংদদি য়াও-ঘিদরে। ৱাংবা, শানবগী মরমদা ফজৈই। (excelent) হায়না লাওবদা মাগা পাবিনবা লৈঘিদরে। থোম-থোমহুনা শানবদগী মমৈদ, মীচং কাগুপ লেপ্পহুনা, পাঙ্গন চন্নহুনা শান্নবগী মরোং শেমদোকখি। নুংশাগী মচুদি ৭ নি হায়হুনা নুংশাগী মহুৎ শিল্লিবা শগোল ৭ চোংথোকতুনা, শান্নবগী মরোংদা ৭×২=১৪ না শান্নঘি। মাহু ওসিদা মলেম শিন-থুংনা ফাওরবা শগোল কাংজৈ হায়রিবা অসিনি। শগোল কাংজৈ হায়রিবা অসিদি মীতৈগী কুম পানবনি। (calender)। কালেন লোয়রবা, কুম্বী চঙকপা মতমদা শান্নবা হৌহুনা কুম্বী চঙে হায়ববু নিংঝংই। মরম অতুনা শগোল কাংজৈবু, মেরা কাংজৈ হায়না থংনৈ। মীতৈনা নুমিৎতগী ঘড়ি (Sundial) লোহুনা অস্থুপ কুপথ্রবা মতম পুন্নমক অসি পুথোকখি। নুমিৎতগী ঘড়ি লোননবা থোনবা পুং অহুবু—নোংমাই-পুং=নোমৈপুং-নোংমৈবুং থোনঘি।

## শম্মা লোইশিল্লে।